# শিবসহস্রনাম



## শিবসহস্রনাম স্তোত্র
## ভাষাটীকা সমেত

# শিবসহস্রনাম



শিবসহস্রনাম স্তোত্র
ভাষাটীকা সমেত

অহানবা খুনম ঃ ফেব্রুৱারি ২০০২
কোপি মশিং ঃ ১০০০

শ্রীকে লালহরিগীদমক্তা
মঙ্গোল ওইনবা কংচবা
কে গোপাল শর্ম্মা
খ্বাইনাগমপাল সোরাম লৈরক ইম্ফাল, মণিপুর

মমল ঃ লুপা ১৫/-

*Printed at :-*
R N B Printing Press,
Nagamapal RIMS Road Corner,
Imphal – 795004, Manipur

# য়াওফম তাকপা

# ওঁ নমঃ গনেশায়
# ওঁ নমঃ শিবায়

**শ্রুয়তামৃষয়ঃ শ্রেষ্ঠাঃ কথয়ামি য়থাশ্রুতম্।**
**বিষ্ণুনা প্রাথিতো যেন সন্তুষ্টঃ পরমেশ্বরঃ।**
**তদহং কথয়াম্যদ্য পুণ্যং নামসহস্রকম্ ।।১।।**

মণিপুরী অনুবাদ তাবো হে ঋষি অথোইবশা - ঐনা তাবকপা শংলকপা বাবি দুমক হাইবক্লগে — বিষ্ণুনা স্তুতি তৌবনা মবম ওইদনা মহাদেবনা পেম্বিখিবা। পুন্যগী মশক ওইবা নাম ১০০০ অদু অহানবদা ঐ হাইবকলগে -

শ্রীবিষ্ণুরুবাচ —শিবো হবো মৃডো রুদ্রঃ পুষ্করঃ পুষ্পলোচনঃ
অর্থিগম্যঃ সদাচারঃ শর্ব্ব শম্ভুর্মহেশ্বরঃ ।।২।।

মণিপুরী — অন্বয় ***শ্রীবিষ্ণুরুবাচঃ*** — ভগবানবিষ্ণুনা হাইবকই। ***শিবঃ*** মঙ্গোলগী মশক ওইবা ***হবঃ*** — লৈশেমগী অবোইবদা পুম্নকপু লৌশিন্নীবা মবমনা হব কৌই। ***মৃড*** নুংঙাইবগী মশক পিবিবা। ***রুদ্রঃ*** জীবশিংগী অবোইবা মতমদা লৌশিন্বিবা রুদ্র কৌই। ***পুষ্করঃ*** — মযাম্বু যোকপি থাকপিবনা ফনবা শেম্বিবনি। ***পুষ্পলোচনঃ*** - লৈগা মান্ননা থোংলবামিৎফম্নি। ***অর্থিগম্যঃ*** স্বর্গ কাবা অবানখুভম পাম্বা পুম্নমক্কী নিংনফম্নি। ***সদাচারঃ*** সদ সঙ্গ লৈবা সাধু বৈষ্ণবশিংনা পাম্বা লম্বী চৎপনি। ***সর্ব্বঃ*** জীবশিংগী অবোইবা সংহারগী থৌবনি। ***সম্ভুঃ*** ভক্তশিংবু নুংঙাইবা পিবা মহাক্নি। ***মহেশ্বরঃ*** — থোইদোক হেন্দোকপা অথোইবা মহাক্নি।

চন্দ্রাপীডশ্চন্দ্রমৌলিবিশ্বং বিশ্বামবেশ্বরঃ।

বেদান্তসাবসন্দোহঃ কপালী নীললোহিতঃ ।।৩।।

মণিপুরী – অন্বয-***চন্দ্রাপীড়ঃ*** – থানা নাগী কোক্কী লৈতেং ওইবা। ***চন্দ্রমৌলিঃ*** মাগী কোক্তা থা লৈবা। ***বিশ্বং*** ব্রহ্মগী অথোইবা মশক্। ***বিশ্বামরেশ্বরঃ*** তাইবং পান্বা ১সুং লাই পুম্নমক্কী মপু ওইবা। ***বেদান্ত সার সন্দোহঃ*** ব্রহ্মগী মবমদাইবা শাস্ত্র,মচি, মপৈ, – বেদান্তগী মরু ওইবা, মচি ওইবা পুম্নমক মুন্না খংবা। ***কপালী*** – ভীক্ষা পাত্র পাইবা চফু কেগাম লোইনবা। ***নীললোহিতঃ*** সংবান্নবা, ১সুং ঙাংঙ্গানবা জটা পুবা।

ধ্যানা ধাবো৫পবিচ্ছেদ্যো গৌবীভর্ত্তা গণেশ্বরঃ।

অষ্টমূর্ত্তিবিশ্ব মূর্ত্তি স্ত্রিবর্গ স্বর্গ সাধনঃ ।।৪।।

মণিপুরী - অন্বয ***ধ্যানধারঃ*** – নিংজবা, ভুংনফম্ – যোগীশিংনা যান্ন চেকশিন্ন ধ্যান তৌনবিবা। ***অপরিচ্ছেদ্যঃ*** -- মফম মতম্না অকাইবা অযেৎপা পিদবা। ***গৌরীভর্ত্তা*** - গৌবী পার্ব্বতী, মপুবোইবা, -- পাব্বর্তীগী মপুবোইবশিংগী কাংলুপ মনাইশিংগী মপু। ***গনেশ্বরঃ*** –কাংলুপ, মপ্ শিবগন কাংলুপকী মপু ওইবা। ***অষ্টমূর্ত্তিঃ*** -- নিপান, মশক মতৌ,আকাশনচিংবা মখল নিপালগী মশক পুবা। ***বিশ্বমূর্ত্তিঃ*** তাইবংপান পুম্নমক মাগী মশক্কি। ***স্ত্রিবর্গ স্বর্গ সাধনঃ*** –ধর্ম্ম পর্থ কাম,খল্লুবা তৌদনা চিংনবা যাওদনা নুংঙাইনা কংহল্লিবা।

জ্ঞানগম্যো দৃঢপ্রজ্ঞো দেবদেবাস্ত্রিলোচনঃ।

বাম দেবো মহাদেবঃ পটুঃ পবিবৃঢো দৃঢঃ ।।৫।।

মণিপুরী - অন্বয-***জ্ঞানগম্যঃ*** - বেদান্তগী মবম জ্ঞান্না খংনবা মবমনি। ***দৃঢ়প্রজ্ঞঃ*** – অবেপপা অবেপ্পা জ্ঞান্ন তিন্না। ***দেবদেবঃ*** তৌবা ঙম্বা শক্তিশিং মাগী মঙান পিদুনা নুংঙাইহন্বনি। ***স্ত্রিলোচনঃ*** মিৎ অহুম হাইবদি, লোক অহুম,গুন অহুম বেদ অহুম মাগী জ্ঞান পুক্লিংনি। ***বামদেবঃ*** সংসাবগী

চৎনবিদগী হেন্না ফজবা বাম কৌই।কর্ম্ম ফলগী তোঙান্বা শরুক যেম্ভোকপা মবম্মা বাম কৌই। ***মহাদেবঃ*** — ব্রহ্মানচিংবা দেবতাশিংনশু পূজা তৌবদা মতিক চাবা। ***পটুঃ*** অৱাবা মাংহন্বিবা মনাইশিংগী নুংঙাইযাইফনবা শিম্বদা হৈ শিংবা। ***পরিবৃঢ়ঃ*** — তাইবং মপু। ***দঢ়ঃ*** — পাঙ্গল থৌনা লৈবা।

বিশ্বরূপো বিরূপাক্ষো বাগীশঃ শুচিসত্তমঃ

সর্ব্বপ্রমাণসংবাদী বৃষাঙ্কো বৃষবাহনঃ ।।৬।।

মণিপুরী — অন্বয়-***বিশ্বরূপঃ***— মাগী মশাদা তাইবংপান পুম্নমক্কী মশক ওইবা। ***বিরূপাক্ষঃ*** — মীওইবগী অচম্বা মিৎকা মান্নদবা। ***বাগীশঃ*** — যাথং, মপু-বেদগী ৱাহৈ বেদগী মবোন, বেদগী নিযম, পুম্নমক্কী মপু ওই। ***শুচিসত্তমঃ*** — অশেংবা অথোইবা, — গুণ অহুম সত্ত্ব, রজ, তমঃ অসিনা শোক্তবা অমকপা লৈতবনি। ***সর্ব্বপ্রমান সংবাদীঃ*** — পুম্নমক (প্রমাণ খুদম) মঃরবা — প্রমাণ্গা লোইনবা বেদ পুম্নমক মশক থংবা।***বৃষাঙ্কোঃ*** -- যণ,খুদম, - হকচাংদা যণ লাবগী খুদম যাওবা, ধর্ম্মনা তিম্বা। ***বৃষবাহনঃ*** মতৌবা - তোংননবা ওইবা - নন্দী কৌবা ষন্না শাদোং ওইবা।

ঈশঃ পিনাকী খট্বাঙ্গী চিত্রবেশশ্চিরন্তনঃ।

তমোহরো মহাযোগী গোপ্তা ব্রহ্মাচ ধূর্জটিঃ।।৭।।

মণিপুরী অন্বয়- ***ঈশঃ*** — জগৎ পুম্নমক্কী মপু ***পিনাকী*** পিনাক কৌবা লিবতং তেন্দোং পাইবা। ***খট্বাঙ্গী*** খট্বাঙ্গ কৌবা খুৎলাই পাইবা। ***চিত্রবেষঃ*** - অবাংবা মখল,ফিজেৎ - মকম্ মতমগী মতুংইন্ন ফিশেৎ হোংবা ***চিরন্তনঃ*** — ভূৎ ভবিষ্যৎ, বর্তমান্ হাইরিবা মতম অহুম অসিনা অপম্বা পীবা ঙমদাব। ***তমোহরঃ*** মাওইবদা জ্ঞান লৈতবগী অমম্বা মাংহন্বা জ্ঞান পিবা ভাব তাহন্বা মঙাল পি যা মহাযোগী যোগ মখল নিপানগী তত্ত্ব মুন্না খংবা ***গোপ্তা*** পুম্নমকপু অশোয অঙাম থোক্তনবা ঙাকাপবা ***ব্রহ্মাচ*** — পুম্নমকপু, শেম্বিবা, পোকাপবা, পুম্নমক থোকহন্বা। ***ধূর্জটিঃ*** ভূৎ, মখল মঙা- মৈ,

ঈশিং নুংশিৎনচিংবা, স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল, পুম্নমক অসিনা মাগী জটা ওইবা।

কালকালঃ কৃত্তিবাসাঃ সুভগঃ প্রণবাত্মকঃ

উন্নধ্রঃ পুরুষো জুষ্যো দুর্ব্বাসাঃ পুরশাসনঃ ।।৮।।

মণিপুরী -- অন্বয়-***কালকালঃ*** -- অশিবা ১সুং যমগীশু মশিংথিবা খংবাওইবা। ***কৃত্তিবাসাঃ*** শাগী মউন্না ফিজেৎ ওইবা। ***সুভগঃ*** — লনথম বৈভব মতিক চানা লৈবা অনিমান মনিমাম্নচিংবগী মপওইবা। ***প্রণবাত্মকঃ*** -- ওঁ কাবগী মশক অ, উ, ম, ব্রহ্ম, বিষ্ণু, মহেশ্বর মশক। ***উন্নধ্রঃ*** — পীশিংবু থৌবিনা পুন্সিন্না। ***পুরুষঃ*** মীপুম খুদিংমক্কী হৃকচাংদা শিন্না থুংবা শন্দোকপা তুমদুনা লৈবনা পুরুষ কৌই। ***জুষ্যঃ*** পুক্নিং বাঙাং কর্ম্মনশু সেবা তৌবদা মতিক চাবা। ***দুর্ব্বাসাঃ*** — অমম্বা মহুৎ মহুৎ তৌববা ফি শেৎপা, অত্রি মুণিগী মচাগী মশক ওইবা। ***পুরশাসনঃ*** — ত্রিপুরি কৌবা হিংচাববু জয় তৌবা মাবু মাংহন্বা।

দিব্যায়ুধঃ স্কন্দগুরুঃ পরমেষ্ঠী পরাৎপরঃ।

অনাদিমধ্যনিধনো গিরীশো গিরিজাধবঃ ।।৯।।

মণিপুরী — অন্বয়-***দিব্যায়ুধঃ*** — পিনাক কৌবা লিকুং পাইবা ***স্কন্দগুরুঃ*** --কার্ত্তিক্কা মচা ওইবা, কার্ত্তিক পোকপাপিতা। ***পরমেষ্ঠী*** আকাশকী মফম পুম্নমক্তা শিন্না থুংনা লৈবা। ***পরাৎপরঃ*** সাকার নিরাকারগীসু তোঙান্বা ***অনাদিমধ্যনিধনঃ*** — সৃষ্টি, স্থিতি, সংহার মফম মতম হোংবা যাদবা ককথৎনিংঙাই লৈতবা। ***গিরীশঃ*** -- মেরুনাচিংবা চিংশিংগী মপু। ***গিরিজাধবঃ*** — উমগী মপুরোইবা।

কবেরবন্ধুঃ শ্রীকন্ঠো লোকবর্ণোত্তমো মৃদুঃ

সমাধিবেদ্যঃ কোদণ্ডী নীলকন্ঠঃ পরশ্বধীঃ ।।১০।।

মণিপুরী — অন্বয়-***কুবেরবন্ধুঃ*** — কুবেরগা মচিন মনাও ওইনা লোইনবা। ***শ্রীকন্ঠঃ*** — নিংগিজবা থৌবিদা বেদ লৈবা। ***লোকবর্নোত্তমঃ*** — মযাম্না

নুমিৎকী মশক ওইবা মাগী মুর্ত্তি যেংই। ***মৃদুঃ*** — ভক্তকী মফমদা যাম্না মেংবা থোৎপা ওইবা। ***সমাধিবেদ্যঃ*** — অভ্যামস যোগতনা খংনঙাই ওইবা। ***কোদণ্ডী*** লিকং তেন্দোং লোইনবা ***নীলকন্ঠঃ*** — সমুদ্র নৈবদগী থোবকপা হু থকপনা খৌবি মুশিন্বা। ***পরশ্বধীঃ*** — ভক্তশিংদা লনথুম মতেং পাংদুনা মশা মউ ফনা থম্বীবা

বিশালাক্ষো মৃগব্যাধঃ সুবেশঃ সূর্য্যতাপনঃ।

ধর্ম্মধাম ক্ষমাক্ষেত্রং ভগবান্ ভগনেত্রভিৎ ।।১১।।

মণিপুরী — অন্বয়-***বিশালাক্ষঃ*** — মকালাম্বা অকবা মিৎফম ওইবা ***মৃগব্যাধঃ*** - অর্জুন্দা নুংশিবিদুনা থৌজাম্বিদুনা শান্দম্বগী মশক ওইনা উৎপিবা। ***সুরেশঃ*** লাইযামগী ঈশ্বর ওইবা মপু। ***সূর্য্যতাপনঃ*** — ফত্তবা মীশিংগী মফমদা নুমিৎকী মৈশা গুম্না মৈশা পিবনি। ***ধর্মধামঃ*** — বর্না আশ্রম্না তাকপা ধর্মগী লম্বীদা লৈফম ওইবা। ***ক্ষমাক্ষেত্রম্*** থৌজানগী পোক্লফম্ ওইবা মফম্। ***ভগবান্ঃ*** —গুণ তকক্না লোইনবা মতিক মযাউ। ***ভগনেত্রভিৎঃ*** — দক্ষগী যজ্ঞ দা নুমিৎকী মিৎ কোৎপা।

উগ্রঃ পশুপতিস্তার্ক্ষ্যঃ প্রিযভক্তঃ পরন্তপঃ।।

দাতা দযাকরো দক্ষঃ কর্ম্মন্দী কামশাসনঃ ।।১২।।

মণিপুরী — অন্বয়-***উগ্রঃ*** — পুম্নমকপু মাংহন্বদগী মাগী মমিং মঙান কৌই। ***পশুপতিঃ*** — শানচিংবা জীবশিংবু যোকপি থাকপিবা মপু। ***তার্ক্ষ্যঃ*** — মতম অমদা কশ্যপ মুণি ওইনা পোকপা। ***প্রিয়ভক্তঃ*** — মনাইশিংবু নুনা নুংশিবিবা। ***পরন্তপঃ*** — যেক্লবাগী পাঙ্গল লৌথোকপা অরাবা পিবা। ***দাতাঃ*** — মনাইশিংদা মতিক মগুন মথৌনা হাপ্পিবা। ***দয়াকরঃ*** — মনাইবু কম্বিবা থৌজাম্বিবা ***দক্ষঃ*** তাইবং পাম্বগী মশক লৌদুনা চাওখৎপগা লোইননা কর্ম তৌবা ***কর্মংদীঃ*** - সন্যাসকী মশক লৌদুনা মানা শেম্বা ভিক্ষাগী নিযম লম্বী মুন্না খংবা। ***কামশাসনঃ*** — কামদেবগী শক্তিগা লোইননা পুন্সি মাহম্বা।

শ্মশানলিময়ঃ সূক্ষ্মঃ শ্মশানস্থো মহেশ্বরঃ

লোককর্ত্তা মৃগপতির্মহাকর্ত্তা মহৌষধিঃ ।।১৩।।

মণিপুরী — অন্বয়-***শ্মশাননিলয়ঃ*** — মোংফমদা লৈফম ওইবা। ***সূক্ষমঃ*** - -ব্রাহৈ খোন্থোক ১দি মশক উবা ফংদবা। ***শ্মশানস্থঃ*** — মোংফম্না য়ুম ওইবা।***মহেশ্বরঃ*** — অঙাম্ব ১দি অথোইবা মপু ওইবা। ***লোককর্ত্তাঃ*** — তাইবং শেম্বা তাইবং পুথোকপা। ***মৃগপতিঃ*** — শজীনচিংবা জীব জন্তুশিং ঙাকপিবা যোমপিবা ***মহাকর্ত্তাঃ*** — ভূৎ মখন মঙা মৈ, ঈশিং, নুংশিংনা চিংবা মখন মঙা শেম্বা । ***মহৌষধিঃ*** — তাইবং পাম্বগী অনা অযেক কোকপিবা মাংহন্বা।

উত্তরো গোপতির্গোপ্তা জ্ঞানগম্য ঃ পুরাতনঃ

নীতিঃ সুনীতি ঃ শুদ্ধাত্মা সোমঃ সোমরত ঃ সুখী ।।১৪।।

মণিপুরী —অন্বয় ***উত্তর ঃ*** — তাইবং পাম্বা মপোক অসিদগী লান্থোক্লবা অথোইবা লম্বী। ***গোপতিঃ*** — স্বর্গ, মর্ত্ত, ১দি জীব জন্তু ঈশিং না চিংবগী মপু। ***গোপ্তাঃ*** — জীব পুম্নমকপু যোকপি থাকপিবা। ***জ্ঞানগম্যঃ*** — কর্ম্মনা পুক্লিং লুহন্বাদগী জ্ঞান ১দি বুদ্ধিনা বৈরাগ্য লম্বী ফংনিঙাই ওইবা। ***পুরাতনঃ*** — মতমদগী খাইদোকপা ককথৎপা মাংহন্বা যাদবনা পুরাতন কৌই। ***নীতিঃ*** — দণ্ডগী মতিক চাবা য়েংলগা নিয়ম পিবা। ***সুনীতিঃ*** — লমচৎ ব্যবহার ফজবা মরম তাকপা। ***শুদ্ধাত্মাঃ*** — পুক্লিং থম্মোই লুবা।***সোমঃ*** — থাগী মশক লৌদুনা হিদাক্লচিংবা শেম্বা ১দি হিদাক মখলশিং যোকপা। ***সোমরতঃ*** — সোম রস থকপদা পুক্লিং নুংঙাইজবা পেঞ্জবা। ***সুখীঃ*** — নুংঙাইবনতিম্বা মনাইশিংবুসু নুংঙাইহন্বা।

সোমপোঽমৃতপঃ সৌম্যো মহাতেজা মহাদ্যুতিঃ

তেজোময়োঽমৃতময়োঽন্নময়শ্চ সুধাপতিঃ ।।১৫।।

মণিপুরী — অন্বয়-***সোমপঃ*** — যজ্ঞদা দেবতাগী মশক লৌদুনা সোম রস

থকপা *অমৃতপঃ* --মশাগী আত্মাগী অমৃত থকলগ নুংঙাইজবা ব্রহ্ম নিংশিংবা। *সৌম্যঃ* -- ভক্তগী মফমদা মিচং মিখাই নাইদবা চপ্ মান্নবা।*মহাতেজাঃ* — নুমিৎনচিংবনা মৈশা পিদুনা শাবিবসি মাগী মঙাল্লা ওইবা। *মহাদ্যুতিঃ*— মঙান পুম্নমক্তগী অথোইবা মঙান ওইবা। *তেজোময়ঃ* — সংসাবগী কাননবা মঙান শন্দোকপা। *অমৃতময়ঃ* — অশি অনা লৈতবা, ১দি ঈশিংগী মশক ওইবা *অন্নময়ঃ* — চাক্কী মশক ওইবা চিঙ্গাক্কী মশক ওইবা আত্মা। *সুধাপতিঃ* — লাইশিংদা পিথক্লবগী অমৃত ঙাক্তুনা থম্বা।

অজাতশত্রুবালোকঃ সম্ভাব্যো হব্যবাহনঃ
লোককবোবেদকবঃ সূত্রকাবঃ সনাতনঃ।।১৬।।

মণিপুবী - অন্বয *অজাতশত্রুঃ* - মহাক্লা পুম্নমকপু ঙাক্তুনা থাম্বিবনা মাগী যেক্লবা লৈতে। *আলোকঃ* — মশামক্লা মঙালগী মশক ওইবা। *সংভাব্যঃ* -- লাই হিংচাবশিংনা চপ্ মাননা ব্যহাব তৌবা। *হব্যবাহনঃ* - মৈগী মশক লৈদনা হোমগী পোৎলম ফংহন্বা। *লোককরঃ* — তাইবং পান্বগী থৌবু ওইবা। *বেদকবঃ* — ঋগ বেদনচিংবা বেদ মখন পুম্নমক কোংদোকপা। *সূত্রকারঃ* — ব্যাসগী মশক ওইনা অহানবা ব্রাহ্মৌদোক পৃথোকপা। *সনাতনঃ* - মতম পুম্নমক্তা মাংদনা লেংদনা লৈবা।

মহর্ষি কপিলাচর্য্যো বিশ্বদীপ্তিস্ত্রিলোচনঃ
পিনাকপাণির্ভদেবঃ স্বস্তিদঃ স্বস্তিকৃৎ সুধীঃ।।১৭।।

মণিপুবী — অন্বয-*মহর্ষিকপিলাচার্য়ঃ* — বেদ পুম্নমক খংবা উবব্ মহর্ষি কৌই, বেদগী শরুক অমত্তা খংবনা ঋষি কৌই। *বিশ্বদীপ্তিঃ* - মহাক্কী মঙান অসিবু সংসাব কৌই। *ত্রিলোচনঃ* - মিৎ অহুম্না লৈতেং ওইবা। *পিনাকপানিঃ* -- শুল কৌবা খুৎলাই পাইবা মহাদেব। *ভূদেবঃ* - তাইবংপান্বদা দুর্ব্বসানচিংবা ব্রাহ্মণগী মশক ওইনা পোকপা। *স্বস্তিদঃ* - মনাইবু মঙ্গল পিবিবা। *স্বস্তিকৃৎঃ* — পৃথ্বীদা মনাইশিংদা মঙ্গল ওইনবা

শিন্নিবা। ***সুধীঃ*** — থোইদোকপা অহেন্বা জ্ঞান্না তিন্বা।

ধাতৃধামা ধামকরঃ সর্ব্বগঃ সর্ব্বগোচবঃ

ব্রহ্মসৃগ্বিশ্বসৃক্ সর্গঃ কর্ণিকারঃ প্রিয়ঃ কবিঃ ।।১৮।।

মণিপুরী — অন্বয়-***ধাতৃধামাঃ*** — তাইবংগী পান্বগী অরুম্বা ভার পুনবা শক্তি চেন্বা ***ধামকরঃ*** নুমিত্তা য়াওরিবা মৈশা মণ্ডালবু থোকহন্বা থৌবু। ***সর্ব্বগঃ*** — মফম খুদিংমক্ শিন্বা থুংনা লৈবা। ***সর্ব্বগোচরঃ*** — তাইবং পান্বা পুম্নমক উবা খংবা। ***ব্রহ্মসৃক*** — ব্রহ্ম নত্রগা বেদ পুথোকপা। ***বিশ্বসৃক*** — সংসার শেম্বীবা মশক। ***সর্গঃ*** — তাইবং পান্বা লৈশেম্বগী মশক। ***কর্নিকারঃ*** — নাদা য়ান্নবা সনাগী লৈতেং ওইবা ***প্রিয়ঃ*** — অপান্বা নুংশিবা মশক ওইবা ***কবিঃ*** — পুম্নমক খংবা উবা।

শাখো বিশাখো গোশাখঃ শিবো ভিষগনুত্তমঃ

গঙ্গাপ্লবোদকো ভব্য ঃ পুষ্কলঃ স্থপতিঃ স্থিরঃ ।।১৯।।

মণিপুরী — অন্বয়- ***শাখঃ*** — শাখ কৌদুনা ঋষি ওইনা পোকপা। ***বিশাখঃ*** — বিশাখ ঋষি অমনা স্কন্দ ওইবা মশক। ***গোশাখ শিবঃ*** — বেদগী শাখা পুম্নমক মঙোন্দা লৈবা, গুন অহুম্না মঙোন্দা চংদবা শোক্তবানশিব কৌই। ***ভিষক্ঃ*** — জীবশিংগী লাইনা লাইচৎ কোকহন্বিবা মাংহন্বিবা মপুগী মশক ওইবা। ***অনুত্তমঃ*** — মঙোন্দগী অথোইবা অহেন্বা লৈতবা। ***গঙ্গাপ্লবোদকঃ*** — ভাগীরথী ঈচেলগা মান্ননা য়াংবা। ***ভব্যঃ*** — মতম অয়াম্বদা মঙ্গলগী মশক ওইবা। ***পুষ্কলঃ*** — মফম পুম্নমক্তা শিন্বা থুংনা লৈবা ***স্থপতিঃস্থিরঃ*** -- মপান নাইদবা তাইবংপান শেন্বা।

বিজিতাত্মা বিষয়াত্মা ভূতবাহনসারথিঃ

সগণো গণকায়শ্চ সুকীর্ত্তিশ্চিন্নসংশয়ঃ ।।২০।।

মণিপুরী — অন্বয়-***বিজিতাত্মাঃ*** — আত্মা খুদুম চন্বা, আত্মা, জয় তৌবা। ***বিষয়াত্মাঃ*** — তাইবং পান্নদা নমথাক লৌনম শন্দোকপা মাগী আত্মাগী

মায়ানি। *ভূতবাহনসারথিঃ* — জীবশিংনা মানা মানা তৌজবগী কর্ম্মগী ফল মহৈ ফংহল্লিবা ব্রহ্মাসে মাগী সারথী ওইবা। *সগনঃ* — অহান্বদা ওইরকপা দেবতাশিংগা লোইনবা। *গনকায়ঃ* — খায়দোকপা য়াদবা হক্চাংনি। *সুকীর্ত্তিঃ* — মাগী নিংথিজবা মিংচৎ ওইবা। *ছিন্নসংশয়ঃ* — চিংননিঙাই লৈতবা পুন্নমক খংবনি।

কামদেবঃ কামপালো ভস্মোদ্ধুলিতবিগ্রহঃ

ভস্মপ্রিয়ঃ ভস্মপ্রিয়ো ভস্মসামী কামী কান্তঃ কৃতাগমঃ ।।২১।।

মণিপুরী — অন্বয়-*কামদেবঃ* — ধর্ম্মনচিংবগী মরমদা নিপা থোকপা থৌনাদা অপান্বা ওইবা। *কামপোলঃ* — মাগী মাগী অপান্বগী মতুংইন্ননিংবা থুংহন্বা। *ভস্মোদ্ধুলিতবিগ্রহঃ* — হকচাংদা উৎ তৈদুনা লৈবা। *ভস্মপিয়ঃ ভস্মশায়ীঃ* — উৎ যাম্ন লুনা তৌবা, উৎ মরক্তা হিপ্পুনা লৈবা। *কামীঃ* -- অপান্বা পুন্নমক মপুং ফানা ফংবা পান্বা। *কান্তঃ* — ব্রহ্মাগী চহি তংখাইদসু মহাক্না থৌবু ওইবা। *কৃতাগমঃ* — শ্রুতি, স্মৃতিনচিংবা আগমগী মশক্কী নিযম ফোংদোকপা।

সমাবর্ত্তো নিবৃত্তাত্মা ধর্ম্মপুঞ্জঃ সদাশিবঃ

অকল্মষশ্চতুর্ব্বাহুর্দুরাবাসো দুরাসদঃ ।।২২।।

মণিপুরী — অন্বয়-*সমাবর্ত্তঃ* — চক্রগী মশক ওইবা তাইবং পান্থু উকরু লৈবা। *নিবৃত্তাত্মা* মফম খুদিংদা লৈবনা মওং পুন্নমক্তা খংবা। *ধর্ম্মপুঞ্জঃ* -- ধর্ম্ম মখল মখল পুন্নমক্কী মপৈ ওইবা। *সদাশিবঃ* — মতম পুন্নমক্তা মঙ্গোল ওইবগী মশক ওইবা। *অকল্মষঃ* — মতম পুন্নমক্তা অরূবা অশেংবা ওইবা। *চতুর্ব্বাহুঃ* —বিষ্ণুগী মুর্ত্তিগী মশক ওইবা। *দুরাবাসঃ* সমাধিদা থিদুনসু। যোগীশিংনা থম্মোইদা য়াম্ন রানা ফংনিঙাই ওইবা। *দুরাসদঃ* -- রানা হোৎনরগা ফংবা ওইবা।

দুর্লভো দুর্গমো দুর্গঃ সর্ব্বযুধবিশাবদঃ
অধ্যাত্মযোগনিলযঃ সুতন্তুস্তন্তুবর্দ্ধনঃ ।।২৩।।

মণিপুবী — অন্বয-*দুর্লভঃ* — অচেৎপা ভক্তিদনা ফংবদা মতিক চাবা। *দুর্গমঃ* — যাম্না ব্রানা হোৎনববা কান্দা খংবদা মতিক চাবা। *দুর্গঃ* — ফংনবা হোৎনবদা যাম্ন ব্রাবা। *সর্ব্বযুদ্ধবিশারদঃ* — খুৎলাই খুদিংমক নিংথিজনা শিজিন্নবা হৈবা। *অধ্যাত্মা য়োগনিলয়ঃ* — সমাধীগী অচেৎপা অকুবা মাগী মফমদা লৈবা। *সুতন্তুঃ* — মশিদগী সংসাবগী মখল কযাগী নমথাক ওইদবা কযা মাযাদগী শন্দোকপা। *তন্তু বর্দ্ধনঃ* -- তাইবংপান চাওখৎহন্বা ১দি হন্থন্বা তেনশিন্না মহার্কান।

শুভাঙ্গো লোকসাবঙ্গো জগদীশো জনার্দ্দনঃ
ভস্মশুদ্ধিকবো মেরুবোজস্বী শুদ্ধবিগ্রহঃ ।।২৪।।

মণিপুবী -- অন্বয-*শুভাঙ্গঃ* ফজবা অথোইবা হকচাং ওইবা। *লোকসারঙ্গঃ* — কোক্তবা মচু শুম্না তাইবংগী কান্নবা মচি ওইবাশং লৌশন্বা। *জগদীশঃ* — তাইবং পান্বা পুম্নমক নিযম্না পুন্দুনা থম্না। *জনার্দ্দনঃ* — জীবশিংবু লৌশিন লোইশিন্বীবা। *ভস্মশুদ্ধিকরঃ* — উৎতৈবনা অশেংবা অব্ধবা পোকহন্বা। *মেরুঃ* — সুমেরু কৌবা চিংগী মশক ওইবা। *ওজস্বী* আত্মাগী পাঙ্গল মথৌনা হাপ্লা লেংদবা লোইদবা শাক্ত নাতনবা। *শুদ্ধবিগ্রহঃ* — লেংদবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা।

অসাধ্যঃ সাধুসাধ্যশ্চ ভৃত্যমর্কটরূপধৃক্।
হিবণ্যবেতাঃ পৌবাণো বিপুজীবহবো বলঃ ।।২৫।।

মণিপুবী — অন্বয-*অসাধ্যঃ* — নিযম নাইদবাশিংনা হোৎদুনা ফংবা ঙমদবা। *সাধুসাধ্যঃ* -- সাধু বৈষ্ণবশিংনা নুংঙাইনা ফংবা ওইবা। *ভৃত্যমর্কটরূপধৃকঃ* — মনাই হনুমানগী মশক ওইনা সেবা তৌবা। *হিরন্যরেতাঃ* — মৈবুলগা মান্নবা মুর্ত্তি। *পৌরানঃ* — পুবান পুম্নমক ব্রহ্মগী মশক ওইনা যাবা।

***রিপুজীবহরঃ*** — যেক্লবগী হকচাং লৈহন্দবা থৱাই থাহম্বা। ***বলঃ*** — পাঙ্গন থৌনা পুম্নমক্কা তিম্বহকচৎ।

মহাহ্রদো মহাগর্ত্তঃ সিদ্ধবৃন্দাববন্দিতঃ

ব্যাঘ্রচর্ম্মাম্বরো ব্যালী মহাভুতো মহানিধিঃ ।।২৬।।

মণিপুবী - অন্বয়-***মহাহ্রদঃ*** — যোগীশিংনা মাগী ৱাখলদা পোখোদুনা নুংঙাইনা লৈবা। ***মহাগর্ত্তঃ*** — লাম্লোকপা ঙম্লবোইদবা মখন মখনগী মাযা পবা। ***সিদ্ধবৃন্দাব বন্দিতঃ*** — সিদ্ধ ১দি দেবতাশিং কাংলুপ পুম্নমক্কা স্তুতি তৌনাববা। ***ব্যাঘ্রচর্ম্মম্বরঃ*** — কৈগী মউন্না ফি ওইনা শিজিন্নবা। ***ব্যালীঃ*** - বাসুকীনা চিংবা লিলশিংনা লৈতেং ওইবা। ***মহাভূতঃ*** — মানাবিবাট মুর্ত্তি পুথোকপা। ***মহানিধিঃ*** — মাগী হকচাংদা জীব পুম্নমক চংজফম ওইবা।

অমৃতাশোঽ মৃতবপুঃ পাঞ্চজন্যঃ প্রভঞ্জনঃ

পঞ্চবিংশাততত্ত্বস্থঃ পাবিজাতঃ পবাববঃ ।।২৭।।

মাণপুবী - অন্বয়-***অমৃতাসঃ*** — অমৃতগী মশক ওইবা মশা মতোমদা নুংঙাইজবা, মশাগী আত্মানা পেঞ্জবা নুংঙাই থোকপা ঙম্বা। ***অমৃতবপুঃ*** - মাংবা তাবা লৈতবা শিবলৈতবা। ***পাঞ্চজন্যঃ*** — মখন মঙাগী মনুংদা মৈ, অগ্নি, ঋষি, পবমান, পাঞ্চজন্য, পুবোহিৎকী মশক ওইবা। ***প্রভঞ্জনঃ*** মনাইদা লৈবা মাযাগী ফিজং মাংহম্বা। ***পঞ্চবিংশতিতত্ত্বস্থঃ*** — প্রকৃতিনা চিংবা মখন ২৫ লৈবা। ***পারিজাতঃ*** — অমাং অতা মুৎপা লৈতবা জ্ঞানগী থাংমৈ। ***পরাববঃ*** — তাইবংগী মশক ওইবা ঈশ্বরগী মুর্ত্তি।

সুলভঃ সুব্রতঃ শূবো ব্রহ্মবেদনির্ধানধিঃ

বর্ণাশ্রমগুরুর্বর্ণী শত্রুজিচ্ছত্রুতাপনঃ ।।২৮।।

মাণপুবী — অন্বয়-***সুলভঃ*** -- ভক্তশিংনা অঙম্বা অবৈবা লৈশু খবদং কৎচবনা ফংবা যাবা। ***সুব্রতঃ শুরঃ*** — মনাইবু ফম্বিনবা ৱাশক চেৎপা মনাইবু ঙাকপিনা অশেংবা পুকচেন চেম্বা। ***ব্রহ্মবেদনিধিঃ*** — বেদ পুম্ন

মক্কী হৌবকফম মফম ওইবা। *নিধিঃ* — যোগীশিংনা থৌবাং তৌজবা থম্মোই লন থুম। ***বর্নাশ্রমগুরুঃ*** — বর্ন মবি, ব্রহ্মচাবিনা চিংবা আশ্রম মবি লমজিংবা লতাকপা ওইবা। ***বর্নীঃ*** — ব্রহ্মচাবি নিযম তাকপা মশক ওইবা। ***শক্রজিচ্ছক্রতাপনঃ*** — দেবতাশিংনা যেক্লবা ওইবা পুম্নমকপু জয তৌবা মাংহম্বা।

আশ্রমঃ ক্ষপণঃ ক্ষামো জ্ঞানবানচলেশ্বরঃ

প্রমানভৃতো দুর্জ্ঞেযঃ সুপর্ণো বাযুবাহনঃ ।।২৯।।

মণিপুবী — অন্বয-***জ্ঞাশ্রমঃ*** — আশ্রমগী চৎনবী নিযমগা লোযননা কোইচৎ চৎলিবা পুম্নমকপু পুক্লিংদা পোত্থাবা নুংঙাইবা পিবা। ***ক্ষপনঃ*** — মনাইশিংগী অফ ফত্ত দোষ কোকপিবা। ***ক্ষামঃ*** — প্রলযগী মতম লাক্লবদা প্রজাগী মশিং হন্তহম্বা। ***জ্ঞানবানঃ*** — মতম পুম্নমক্তা জ্ঞানগা থানদবা জ্ঞাননা তিম্বা। ***অচলেশ্বরঃ*** — পৃথ্বী ১দি চিংনা চিংবা মপু ওইবা ***প্রমানভৃতঃ*** - মসিদগী মিৎনা উবা প্রমান পুথোকপা। ***দুর্জ্ঞেযঃ*** — যাম্না ব্রানা হোৎনদুনা খংবদা মতিক চাবা। ***সুপর্নঃ*** — ধর্ম্ম অধর্ম্ম অনিমক্ চপ্ মান্নবা মিৎযেং ওইবা। ***বাযুবাহনঃ*** — নুংশিৎনা মাগী দোলাইগী কৈবাক ওইবা।

ধনুর্দ্ধবো ধনুর্ব্বেদো গুণবাশির্গুণাকবঃ

সত্যঃ সত্যপবো দীনো গোধর্ম্ম ধর্ম্মসাধনঃ ।।৩০।।

মণিপুবী — অন্বয-***ধনুর্দ্ধরঃ ধনুবের্দঃ*** — পিনাক কৌবা লিকং তেন পাইবা মদুনা মবম ওইদুনা ধনুর্ব্বিদ্যা হৌদোবকপা। ***গুনরাশিগুনাকরঃ*** — মঙোন দগী যোগনা চিংবগী মগুন মখন মখল পুথোকপাঃ — যোগ, সাংখ্য, তপস্যা, বিদ্যা, নিযম থৌবাং, অচুম্বা, থৌজান, অহিংসানচিংবগী গুনশিংগী থোকফম ওইবা। ***সত্যঃ সত্যপরঃ*** — সাধুশিংদা অশেং অশেংবা অচুম্ব হাইবদা থাজবা ওইবা। ***দীনঃ*** — মযামাগী মিৎযেংদা শ্মাশান্দা লৈবদগী যাম্ন লাইববা ওইনা উবা। ***ধর্ম্মা গোধর্ম্ম সাধনঃ*** — যজ্ঞনা

মাগী খুদম্নি মদুদি মদুদি বারাহ দেবগী মশক্লি - মদুগী খুদমদি - বেদনা খোংনি। যজ্ঞগী যুম্বীনি, যজ্ঞনা মাগী খুৎনি।

অনন্তদৃষ্টিবানন্দোদেণ্ডা দময়িতা দমঃ

অভিবাদ্যো মহামায়ো বিশ্বকর্ম্ম বিশারদাঃ ।।৩১।।

মণিপুরী — অন্বয়- ***অনন্তদৃষ্টিঃ*** মপান নাইদবা মশিং খংদনা পুম্নমকপু মিৎয়েং চংবনি। ***আনন্দঃ*** থোইদোইদোক হেন্দোক্লা নুংঙাইবগী মশক্লি। ***দণ্ডে দাদময়িতা*** — ইন্দ্রগী মতৌগুম্না তাইবং পান্বগী মরম পুম্নমক্তা অপনবা পেবাশিংবু মতিক চাবা চৈবাক পিবনি। ***দমঃ*** — ইন্দ্রিয় খুদম চম্বা পুক্নিং ফাজম্বনি। ***অভিবাদ্যো মহামায়ঃ*** — লাই হিংচাবনা খুরম্নবিবা, মায়া হৈবশিংবু শুমহৎপিবনি। ***বিশ্বকর্ম বিশাবদঃ*** তাইবং পান্বদা শিজিন্নিবিবা পোৎ খুদিংমক মশক্ নাইনা পুথোকপা খুৎশা হৈশিংবা বিশ্বকর্ম্মনি।

বীতবাগো বিনীতাত্মা তপস্বী ভূতভাবনঃ

উন্মত্তবেশঃ প্রচ্ছন্নো জিতকামো২ জিতপ্রিয়ঃ ।।৩২।।

মণিপুবী -- অন্বয়- ***বীতবাগঃ*** — মহাক্লা ভক্তশিংগী কলকমিহৌবা অপাম-পামদা কোকহন্বা। ***বিনীতাত্মাঃ*** — মাগী থৌজান্না ভক্তশিংগী লমচৎ ব্যবহাব নোল্লুকহল্লি। ***তপস্বীঃ*** — তপস্যানা মাগী শিনফম ওইবা। ***ভূতভাবনঃ*** — জীবশিংবু মশিং হেনগৎপা অমদি চাওখৎহন্বনি। ***উন্মত্তবেষঃ প্রচ্ছনঃ*** — মাইকৈনা ফিজেৎ ওইবনা অফোংবা মশক ওইদবা। ***জিতকামঃ*** — কামবু জয় তৌবা, কামদেববু মাইথিবা পিবা। ***অজিতপ্রিয়ঃ*** — বিষ্ণুগী নুংশিনফম ওইবা বিষ্ণুগা য়াম্না চান্নবা।

কল্যাণপ্রকৃতিঃ কল্পঃ সর্ব্বলোকপ্রজাপতিঃ

তরস্বী তাবক ধীমান্ প্রধানপ্রভুরব্যয়ঃ ।।৩৩।।

মণিপুরী — অন্বয়-***কল্যাণ প্রকৃতিঃ*** —মহৌশাদগী হৌনা নুংঙাইহম্বা মঙ্গোলগী ফজবা স্বভাব চেন্বা। ***কল্পঃ*** — পুম্নমক্তগী অহানবা হৌবকফমগী

কারন ওইবা। ***সর্ব্বলোকপ্রজাপতিঃ*** — তাইবংপান্বগী প্রজাশিং ঙাকপিবা য়োকপিবা ***তরস্বী*** — পুক্নিংচংনা ভক্তশিংবু ঙাকপিবা। ***তারক*** — সমুদ্রগী মশক ওইবা তাইবংদগী লান্থোকপিবা। ***ধীমান্*** — থোইদোক হেন্দোকপা জ্ঞান্না তিন্বা। ***প্রধানপ্রভুঃ*** — মহৌশা ওইবা খুৎশেমগী মপু। ***অব্যয়ঃ*** — মযেং তাদবা অমাং অতা লৈতবা।

লোকপালোঽন্তর্হিতাত্মা কল্পাদিঃ কমলেক্ষনঃ
বেদশাস্ত্রার্থতত্বজ্ঞোঽনিয়মো নিয়তাশ্রয়ঃ ।।৩৪।।

মণিপুরী —অন্বয়-***লোকপালঃ*** — তাইবংপানবগী ঙাক শেন্বা অঙাকপা মপু ইন্দনচিংবা লোকপাল। ***অন্তর্হিতত্মাঃ*** — মাযাতনা মশাগী অশেংবা মশক লোৎশিন্বা। ***কল্পাদিঃ*** — শাস্ত্রবিদ্যাগী অহান্বা হৌদোকরকপা ওইবা। ***কমলেক্ষনঃ*** — থম্বাল মান্বামিত্তা, মহাক্কী মিৎয়েংদা লক্ষ্মী লৈবা ***বেদশাস্ত্রার্থ তত্বজ্ঞঃ*** — বেদ শাস্ত্রগী অর্থ অমসুং শাস্ত্রগী অর্থ মুন্না খংবা। ***অনিযমঃ*** পুম্নমকপু তাকপি তম্বীবা মহাক মশাদি কনাদশুতমদবা ***নিয়তাশ্রয়ঃ*** — জগৎ পুম্নমক্কী অরেপপা তুংনফম ওইবা।

চন্দ্রঃ সূর্য্যঃ শনিঃ কেতুর্ব্বরাঙ্গো বিদ্রুমচ্ছবিঃ
ভক্তিবশ্যঃ পরব্রহ্ম মৃগবাণার্পণোঽনঘঃ ।।৩৫।।

মণিপুরী — অন্বয়-***চন্দ্রঃ*** — পুক্নিং নুংঙাইবা হরাওবনা থাগী মশক পুবা। ***সূর্যঃ*** — তাইবং পান্বদা মাগী মাগী মথৌ পাংথোকহন্বনা ইনশিন্দুনা নুমিৎকী মশক ওইবা। ***শনিঃ*** — মাংনবা শিন্বা অমদি শেন্বীবা শনিগী মশক। ***কেতুঃ*** — কেতু অমদি ধুম কেতুগী মশক ওইবা। ***বরাঙ্গঃ*** — শাবান মুর্ত্তি ফজবা মশক মতৌ চুংফিবান চাবা। ***বিদ্রুমচ্ছবিঃ*** — পোহানগী মতৌগুম্না অবংবা মঙান লোইনবা মঙ্গলগী মশক ওইবা মুর্ত্তি। ***ভক্তি বশ্যঃ*** — ভক্তিন' মবম ওইদুনা খুদুম চন্বা ***পরব্রহ্ম মৃগ বানার্পনঃ*** — ব্রহ্মগী মশক ওইনা শাদাম্বশিংগী মখোইগী পুক্নিংদা হিংশাগী মশক ওইবা খুৎলাই থাহন্দবা। ***অনঘঃ*** --

মশাদা পাপকী শকক যাওদবা।

অদ্রিবদ্র্যালযঃ কান্তঃ পবমাত্মা জগৎগুরুঃ

সর্ব্বকর্ম্মালয়স্তুষ্টো মঙ্গল্যো মঙ্গলাবৃতঃ ।।৩৬।।

মণিপুরী — অন্বয়- *অদ্রিঃ* — সুমেরুনা চিংবা চিংগী মশক ওইবা। *অদ্যালয়ঃ* — কৈলাস কৌবাচিংগী মথক্তা লৈবা। *কান্তঃ* — অপাম্বা অমদি মপু ওইবা চান্নবা *পরমাত্মা* — মফম পুম্নমক্তা শিন্বা থুংনা লৈবা অথোইবা আত্মা ওইবা। *জগদগুরুঃ*-- জগৎকী কান্নবা অফবা পাওতাক পিবা। *সর্ব্বকর্ম্মালযঃ* — মীওইবগী তৌগদবা তৌফম থোকপা অবেপপা কর্ম্ম খিবিক্কী দান তৌফম্। *তুষ্টঃ* — নুংঙাইবগী শক্লোন পুবনা মতম পুম্নমক্তা অপেন্বা ওইনা লৈবা। *মঙ্গল্যো মঙ্গলাবৃতঃ* — ভক্তগী মঙ্গল ওইবদা নুংঙ্গাইজবা কান্নজবা পামজবা।

মহাতপা দীর্ঘতপাঃ স্থবিষ্ঠঃ স্থবিবো ধ্রুবঃ

অহঃ সংবৎসবো ব্যাপ্তিঃ প্রমাণং পবমং তপঃ ।।৩৭।।

মণিপবী — অন্বয়- *মহাতপাঃ* — তাইবংপান পুথোক্লবগীদমক মাগী অকন্বা তপস্যানি। *দীর্ঘতপাঃ* অশি অনা লৈতবা যাওদবনা মতম শাংনা তপস্যা তৌবনি। *স্থবিষ্ঠঃ* — অচৌবা শক্লোন পুবা। *স্থবিবঃ* — অহন ওইবকপগী শকলোন পুবা। *ধ্রুবঃ* — মতম পুম্নমক্তা মশক হোংদনা লেংদনা লৈবা। *অহঃ* — মঙাগী মশক ওইবা। *সম্বৎসরঃ* — যুগ অমদি খংনবা মতমগী শক্লোন মতমগী শক্লোন পুবা। *ব্যাপ্তিঃ* — মফম পুম্নমক্তা লেংদনা মাগী মুর্ত্তি লৈবা। *প্রমানং* — মীনা খংনবা খুদম মশানা ওইবা মশক। *পরমংঃ* — থোইদোক্লা নিংথিবা ফজবা পুম্নমক্লা তিন্বা। *তপঃ* — অবান খুভম ফংবা অশেংবা অহানবা মশক।

সংবৎসবকবো মন্ত্র-প্রত্যযঃ সর্ব্বদর্শনঃ

অজঃ সর্ব্বেশ্বঃ সিদ্ধো মহাবেতা মহাবলঃ ।।৩৮।।

মণিপুবী — অন্বয়-***সংবৎসর করঃ*** — চহি যুগ মতমগী খোংচৎ হোংদোক হোংজিন তৌবা। ***মন্ত্রপ্রত্যয়ঃ*** — ঋগ্, যজু, সাম বেদগী খুদম্ মন্ত্রগী মবম্না খংবদা মতিক চাবা। ***সর্ব্বদর্শনঃ*** — পুম্নমক খংবা উবা। ***অজঃ*** — ব্রহ্মা, বিষ্ণু মহেশ্বব মফম মতমগী মতুং ইন্না শক্লোন পুবা। ***সর্ব্বেশ্বরঃ*** — লাইশিংনসু খুৱমনফম ওইবা। ***সিদ্ধঃ*** — অবেপ্পা থবক পাংথোকপগী মশক ওইবা। ***মহারেতা*** মতিক চাবা বীর্য ধাবন তৌবা, বীর্য বক্ষা তৌবা। ***মহাবলঃ*** — মতিক মগুণ মথৌনা মপাঙ্গন যাম্না কন্বা।

যোগী যোগ্যো মহাতেজাঃ সিদ্ধিঃ সর্ব্বাদিবগ্রহঃ

বসুর্বসুমনাঃ সত্যঃ সর্ব্বপাপহবো হবঃ ।।৩৯।।

মণিপুবী — অন্বয়-***যোগীযোগ্যঃ*** — লেংদনা যোগনা তিন্বা, যোগগী মবমদা পুক্লিং চংবা। ***মহাতেজাঃ*** যাম্না ঙাম্বা অকন্বা অযাকপা মঙান্না তিন্বা। ***সিদ্ধিঃ*** — থোইদোক হেন্দোকপা কালগী শক্লোন ওইবা। ***সর্ব্বাদিঃ*** — পুম্নমক্কী হৌবকফম ওইবা। ***অগ্রহঃ*** — মতিক্ মগুণ লৈতবা পুন্য লৈতবা মীশিংনা ফংবা যাদবা। ***বসুঃ*** — মঙোন্দা জীব পুম্নমক লৈফম ওইবা। ***বসুমনাঃ*** — অপাম মিহৌবা কলক যেংথিবনা দোষ তৌদবা থম্মোই। ***সত্যঃ*** -- মিনম্বা যাওদবা মশক ওইবনা সত্য কৌই। ***সর্ব্বপাপহরোহরঃ*** হকচাং কাযাৎনা তৌবা মথন খুদিংমক্কী পাপপু মাংহন্বা।

সুকীর্ত্তিঃ শোভনঃ শ্রীমানবাঙ্মনসগোচবঃ

অমৃতঃ শাশ্বতঃ শান্তো বাণহস্তঃ প্রতাপবান্ ।।৪০।।

মণিপুবী — অন্বয়-***সুকীর্ত্তিঃ*** — ফজবা নিংথিবা মিং চৎনা তিন্বা। ***শাভনঃ*** —মথন মথনগী তৌবা ঙম্বা মতিক মগুন্না তিন্বা। ***শ্রীমান্ঃ*** — পোৎ অমদা লৈবা হৌনবা গুণ মানা ঙম্বা শক্তি মদুগী মওং মতৌ পুম্নমক্না তিন্বা। ***অবাঙমনসগোচরঃ*** — অউবা অতাবা পুক্লিংদগী থোবকপা খোন্থোক্কগীশু তোঙাম্বা। ***অমৃতঃ শাশ্বতঃ*** — অসি অনা লৈতবা অবেপপা ওইনা লৈবা।

*শান্তঃ* — পুক্লিংগী অপাম্বা মিহৌবা খোইরাংবা লৈতবনা ঈথক ঈপোম লৈতবা সমদ্রগী মশকনি। *বানহস্তঃ প্রতাপবান্ঃ* — ত্রিপুরনাচিংবাহিংচাবা মাংহন্বা ওন্বা খুৎলাই পাইবা মতিক মগুণ মথৌনা য়াম্না লৈবা মিংচৎ পুবনি।

কমুণ্ডলুধরো ধন্বী বেদাঙ্গো বেদবিন্মুনিঃ

ভ্রাজিষ্ণুর্ভোজনং ভোক্তা লোকনাথো দুরাধরঃ ।।৪১।।

মণিপুরী — অন্বয়-*কমণ্ডলুধরঃ* — কমণ্ডলু পাইবা। *ধন্বী* — মতম পুম্ন মক্তা লিরুং তেন্দোং লোইনবা। *বেদাঙ্গঃ* — বেদগী জ্ঞান লৈবা, বেদগী মশক ওইবা হকচাং। *বেদবিন্মুনিঃ* বেদগী মখুন শুনা খংবা মুনি। *ভ্রাজিষ্ণুঃ* — মওং অমাখক্তংদা চপ মান্নবা চৎপদা মঙানগী মশক ওইবা লমজিংবা *ভোজনম* — তৌবা ওন্বা মাগী মায়ানা চিঞ্চাক ওইবা। *ভোক্তা* — নিপাগী শক্তম্ পুথোক্তুনা মহাও লৌবনি। *লোকনাথঃ* — তাইবং পান্ববু শাসন তৌবনি। *দুরাধরঃ* — হিংচাবনা চিংবাশিংনা পেলহন্নবা হোৎনবদসু ফংবা ঙমদবনি।

অতীন্দ্রিয়ো মহামায়ঃ সর্ব্ববাসশ্চতুষ্পথঃ

কালযোগী মহানাদো মহোৎসাহো মহাবলঃ ।।৪২।।

মণিরপুরী — অন্বয়- *অতীন্দ্রিয়োমহামায়ঃ* — থাহে থাতা খোম্থোক লৈতবনা ইন্দ্রিগী বিষয় লৈতবা। *সর্ব্ববাসঃ* — পুম্নমক্তা লেংদনা লৈবা। *চতুষ্পথঃ* — লাইনিং লম্বীদা মখন মরিথোক্না মগুন্নচিংবা ফংনবা সাধন তৌবা। *কালযোগীঃ* — কর্ম্মগী অফবা অশেংবা ফংনবা হোৎনবদা জীবশিংবু বিষয় চাবা ফংনবা ইন্সিন্বনি। *মহানাদঃ* — য়াম্না লুন্বা চিংলেন্বা খোম্থোক লোইনবা। *মহোৎসাহঃ* — তাইবংপান্বগী অহান্বা লৈশেম শেম্লবা মতমদা লৈবা, প্রলয় তৌনবগী থৌরাং তৌবনি। *মহাবলঃ* — অকন্বশিংগী মনুংদগু হেন্না কন্বা পাঙ্গল।

মহাবুদ্ধির্মহাবীর্য্যো ভূতচারী পুরন্দরঃ

নিশাচরঃ প্রেতচারী মহাশক্তির্মহাদ্যুতিঃ ।।৪৩।।

মণিপুরী — অন্বয়-***মহাবুদ্ধিঃ*** — জ্ঞান লৈবশিংদশু অথোইবা জ্ঞান লৈবা ওইবা। ***মহাবীর্যঃ*** — মাগী মগুণ মপাঙ্গন লৈরবা বীর্য মশক অসিনা মতিক মগুণ লৈবা পুম্নমক পোক্লক্লবা মরমনি। ***ভূতচারীঃ*** — হিংচা য়াইতম্বশিংগা লোইননা চৎমিন্নবনি। ***পুরন্দরঃ*** — ত্রিপুর হিংচাবাশিংদা লৈফম ওইবা কোনুং থুগাইবা ***নিশাচরঃ*** —মুংদাংব্রাইরম অহিংনাচিংবা মতমদা মাগী মাগী শিনফম পাংথোকপা। ***প্রেতচারীঃ*** — অশি অনাশিংগা লোইননা চৎমিন্নবা। ***মহাশক্তি মহাদ্যুতিঃ*** — তৌবা ঙম্বা অহেন্বা শক্তি অমদি পাঙ্গলগা অকন্বা থৌনাগী মঙান য়াওবা।

অনির্দ্দেশ্যবপুঃ শ্রীমান্ সর্ব্বাচার্য্যমনোগতিঃ

বহুশ্রুতো মহামায়ো নিয়তাত্মা ধ্রুবোহধ্রুবঃ ।।৪৪।।

মণিপুরী — অন্বয়-***অনির্দ্দেশ্যবপুঃ*** — মাগী মশা মতৌ অসুম তৌই — মদুদি মসি কনাগুম্বা অমত্তনা খংবা ঙমদে। ***শ্রীমান*** — ইকাই খুম্নবা মতমদা শিজিন্নবা, অমদি তৌবা ঙম্বা মতিক মগুণ লোইনৈ। ***সর্ব্বাচার্য্যমনোগতিঃ*** — লৌশিং লৈরবাশিংগী পুক্লিংদা মানা মরম ওইদুনা জ্ঞান অমদি লৌশিং পিবনি। ***বহুশ্রুতঃ*** — মহাক্কী জ্ঞান্না মরম ওইদুনা শাস্ত্রবিদ্যা মখলশিং ওইরকইবনি। ***মহামায়ঃ*** — মঙোন্দগী মখল মখলগী মায়া ওইরিবনি। ***নিয়তাত্মাধ্রুবঃ*** — মতম পুম্নমক্তা লেংদনা অরেপপা আত্মাগী মশক্নি। ***অধ্রুবঃ*** — অরেপপা লৈতবা চঞ্চল ওইবা ব্রাখল।

ওজস্তেজোদ্যুতিধরোঃ নর্ত্তকঃ সর্ব্বশাসকঃ

নৃত্যপ্রিয়ো নৃত্যনিত্যঃ প্রকাশাত্মা প্রকাশকঃ ।।৪৫।।

মণিপুরী — অন্বয়-***ওজস্তেজোদ্যুতিধরঃ*** — জীবদা পাঙ্গল থৌনানা চিংবা গুণ অমদি মশাগী মঙান লোইনর্বনি। ***নর্ত্তকঃ*** — তান্দব কৌবা মখনগী জগোই শাবনি। ***সবর্বশাসকঃ*** -- পুম্নমক্কী নিয়ম শেম্বীবা।

*নৃত্যপ্রিয়োনৃত্যনিত্যঃ* অতোম্বাশিংবু নুংশিবিবদগী অরেপপা লেংদবা মওংদা মাগী মনাক্তা জগোই শারি। ***প্রকাশাত্মা প্রকাশকঃ*** মঙান লৈবা মঙানগা লোইনবা আত্মা ওইবনা পুম্নমক্কী মঙান পিবনি।

স্পষ্টাক্ষরো বুধো মন্ত্রঃ সমানঃ সারসংপ্লবঃ
যুগাদিকৃদ্‌যগাবর্ত্তো গম্ভীরো বৃষবাহনঃ ।।৪৬।।

মণিপুরী — অন্বয়-***স্পষ্টাক্ষরঃ*** ওঁ কারগী খুদম উৎপা ***বুধঃ*** — পুম্নমক্কী জ্ঞান লৈবা। ***মন্ত্রঃ*** — ঋাগ যজু, সামগী খুদম্না তিন্বা। ***সমানঃ*** — ময়ামগা মান্নদবা হঙ্গোইবা। ***সারসংপ্লবঃ*** — সংসারবু লাম্ভোক্লবগীদমক বেদগী মশক ওইবা। ***যুগাদিকৃদ্যুগাবর্ত্তঃ*** — যুগ থাইদোকপা শেমদোকপা হৈবা মরম্না যুগ ওম্ভোক ওন্সিন তৌবনি। ***গম্ভীরঃ*** — জ্ঞান লৈবা তৌবঙম্বা শক্তি পাঙ্গল লৈবনা যাম্না চিং লেম্বনি। ***বৃষবাহনঃ*** — নন্দী কৌবা ষন্না শাদোং ওইবনি।

ইষ্টো বিশিষ্টঃ শিষ্টেষ্টঃ শলভঃ শরভো ধনুঃ
তীর্থরূপস্তীর্থনামা তীর্থাদৃশ্য স্তুতো র্থদঃ ।।৪৭।।

মণিপুরী — অম্বয়- ***ইষ্টঃ*** — পরমাত্মা মশা মতোমদা নুংঙাইজবা অদু মহাক্কী অপাম্বনি। ***বিশিষ্টঃ*** — পুম্নমক্তগী অথোই অহেম্বা মশক। ***শিষ্টেষ্টঃ*** — পণ্ডিৎশিংগী যাম্ন লুনা চান্ন নিংনঙাই ওইবা নুংশিনফমনি। ***শলভঃ*** — মফম পুম্নমক্তা শিম্বা থুংনা য়ৌনবা চৎপা। ***শরভঃ*** — করিগুম্বদা কৌজেং শমু মচা, উৎ কৌবা শা ওইনা অবতার তৌবা। ***ধনুঃ*** — পিনাক কৌবা লরুং তেন্দোং লোইনবা। ***তীর্থরূপঃ*** — মহৈ মশিং বিদ্যা পুম্নমক্কী তুংনফম মশক ওইবা। ***তীর্থনামাঃ*** — সংসারগী অন্নাংবদগী লাম্ছোকপিনবগীদমক গঙ্গানা চিংবা তীর্থ পুবকপা। ***তীর্থদৃশ্যঃ*** — গঙ্গানা চিংবা তীর্থদগী ফংবদা যাম্ন ৱাবা। ***স্তুতঃ*** — ব্রহ্মাবিষ্ণুনাচিংবা দেবতাশিংনা খুরমনিঙাই ওইবা। ***অর্থদঃ*** — নিপাথোককপা থবক শিন্নবা।

অপাংনিধিরধিষ্টানং বিজয়ো জয়কালবিৎ

প্রতিষ্টিতঃ প্রমাণজ্ঞো হিরণ্যকবচো হরিঃ ।।৪৮।।

মণিপুরী – অন্বয়- ***অপাংনিধিঃ*** – মিৎয়েং খুদিংদা অৱাৎপা লৈতবা লনতুংনফম্লিম। ***অধিষ্ঠানম্ঃ*** মাবু য়াবা মরম্না মী পুম্নমক অমদি জীবশিংনা মঙোন্দা লৈ। ***বিজয়ঃ*** জ্ঞান বৈরাজ্ঞনচিংবা থোইদোকপা মগুন্না সংসার জয় তৌবনি। ***জয়কালবিৎঃ*** হিংচাবা মাংবা অৱাবা খুদোংথিবা অমসুং দেবতাশিংগী মঙ্গল ওইবগী মতম মুন্না খংবনি। ***প্রতিষ্ঠিতঃ*** মহাক্কী মগুণশিংদা লৈজবা প্রমানজ্ঞ মাংদা ইফোং ফোংনা উবনা মরম ওইদুনা জীবা পুম্নমক্কী প্রমান খংবনি। ***হিরন্যকবচঃ*** – ফজবা সনাগী কবচ ফুরিৎলিৎপনি। ***হরিঃ*** জীবশিংগী পাপ পুম্নমক মাংহন্বনি।

বিমোচনঃ সুরগণো বিদ্যেশো বিন্দুসংশ্রয়ঃ

বালরূপো বলোম্মত্তো বিকর্ত্তা গহনো গুহঃ ।।৪৯।।

মণিপুরী – অন্বয়- ***বিমোচনঃ*** – ত্রীতাপ মখন অহুম কোকপিবা। ***সুরগনঃ*** – দেবতা পুম্নমক্কী আত্মা ওইবা। ***বিদ্যেশঃ*** – মহৈ বিদ্যা পুম্নমক হৌদোক্তুনা চৎনহল্লিবা। ***বিন্দু সংশ্রয়ঃ*** – ওঁ কারগী থৱাই বিন্দুগী মতেং ওইবা, অ,উ,ম, মখোই অহুমবু ওঁ কার কোই। ***বালরূপঃ*** – ব্রহ্মাগী লাইবক্তগী পোকপা ওইবা। ***বলোম্মত্তোঃ*** – পাঙ্গন কন্বা ময়াই কাবনা য়েক্লবা পুম্নমক মাংহন্বা। ***বিকর্ত্তাঃ*** – মখন মখন ওইবা য়ুমশিং পুথোকপা থৌবু। ***গহনঃ*** – মাগী মতিক মগুণ তৌবা ঙম্বা পাঙ্গল থৌরাং পুম্নমক কনাগু খংদ্রে। ***গুহঃ*** – মায়ানা মরম ওইদুনা মাগী মশক ফিভম লোৎশিন্বা।

করণং কারণং কর্ত্তা সর্ব্ববন্ধবিমোচনঃ

ব্যবসায়ো ব্যবস্থানঃ স্থানদো জগদাদিজঃ ।।৫০।।

মণিপুরী – অন্বয়- ***করনম্ঃ*** – তাইবং শেম্লবা পুথোক্লবা হোৎনবা অমদি থৌরাং তৌবা মীশক। ***কারনম্ঃ*** – ফংবা লৌবা মরম্ ওইবা। ***কর্ত্তাঃ*** –

মা মথন্তনা থৌবু ওইজবা। ***সর্ব্ববন্ধবিমোচনঃ*** — মশাগী জ্ঞান তাদবা পুম্নমক কোকহল্লি। ***ব্যবসায়ঃ*** — মতোমদা নুংঙাইজবগী মশক। ***ব্যবস্থানঃ*** -- বর্নাশ্রম্ ধর্ম্মগী তোঙান তোঙাম্বা খাযদোকপিবা। ***স্থানদঃ*** — পুম্নমক্কী মবম কর্ম্মগী মতুং ইন্না মফম পিবা। ***জগদাদিজঃ*** — জগত্তা অহাম্বা ব্রহ্মাগী মশক ওইনা ফোংদোকপনি।

গুরুদো ললিতো ভেদোঽ ভবাত্মানি সংস্থিতঃ
বীবেশ্ববো বীবভদ্রো বীবাসনবিধির্বিবাট ।।৫১।।

মণিপুরী — অন্বয়- ***গুরুদঃ*** — যেক্লবশিংগী মপাঙ্গন লৌথোকপা মখোইগী লম্বী লমচৎ মাংহম্বা। ***ললিতঃ*** — হকচাং পুম্নমক থিংথিজবা অমেংবা মশক ওইবা। ***অভেদঃ*** — ককথৎপা যাদবা খাযদোকপা য়াদবা অনিশুদবা অমত্তা ওইবা মশক। ***ভাবাত্মাত্মনিসংস্থিতঃ*** — পঞ্চভূৎনা শাবা হকচাংদা লৈবিবা আত্মাবু মুন্না খংবা। ***বীরেশ্বরঃ*** — অকম্বা মথৌনা লৈবাশিংগী মপু ওইবা। ***বীরভদ্রঃ*** — বীবভদ্র কৌবা দেবতা মহাদেবগী কাংলুপ। ***বীরাসনবিধিঃ*** — অকন অথৌশিংগীদমক মাগী মাগী লৈফম মফমগীদমক মাগী থৌশিন লৈ। ***বিরাটঃ*** — তাইবং পুম্নমকসে চাওববা মাগী শকফমনি।

বীবচূডামনির্বেত্তা তীব্রানন্দো নন্দীধবঃ
আজ্ঞাধাব স্ত্রিশূলী চ শিপিবিষ্টঃ শিবালয়ঃ ।।৫২।।

মণিপুবী — অন্বয়- ***বীরচূড়ামনিঃ*** অকন অথৌশিংগী কোক্কী মনি লৈতেংনি। ***বেত্তাঃ*** - পুম্নমক খংবা। ***তীব্রানন্দঃ*** যাম্না নুংঙাইবগী মশক ওইবা ***নন্দীশ্বরঃ*** — গঙ্গাগী কল্লবা ঈচেল পুবা ওস্বা সমুদ্রগী মশক লৌবা। ***অজ্ঞাধারঃ*** তাইবংদা মচা মনাও ধাব সন্তান শন্দোকপা মাগী নিয়মনি। ***স্ত্রিশূলীঃ*** ত্রিশুল কৌবা খুৎলাই অথোইবা পাইবনি। ***শিপিবিষ্টঃ*** — যজ্ঞ তৌবা মতমদা বিষ্ণুগী মশক ওইবা। ***শিবালয়ঃ*** — নুংঙাইবা নিংথিবা ফজবা পুম্নমক তিম্বা মফমনি।

বালখিল্যো মহাচাপস্তিগ্মাংশুর্বধির খগঃ

অভিরামঃ সুশরনঃ সুব্রহ্মণ্যঃ সুধাপতিঃ ।।৫৩।।

মণিপুর – অন্বয়-***বালখিল্যঃ*** – বলিখিল্য কৌবা মুনি ময়ামগী মশক ওইবনি। ***মহাচাপঃ*** – জনকনিংথৌগী মনাক্তা লৈবা পূজা তৌনিংঙাই ওইবা মহাদবগী অচৌবা লিরুংনি। ***তিগমাংশুঃ*** – নুমিৎকী মশক লৌদুনা তাইবংদা পিবনি। ***বধিরঃ*** – তানবগীদমক ইন্দ্রিগী নাকোং য়াওদবা। ***খগঃ*** – মথক মখা শিন্বা থুংনা পাইরিবা উচেক। ***অভিরামঃ*** – মদুদা মখন খুদিংমক্কী য়োগীশিংনা নুংঙাইজরিবনি ***সুশরনঃ*** -- উপাই লৈজদ্র তোম্ববশিংগী চংনবগী ফজরবা মফম অমনি। ***সুব্রহ্মন্যঃ*** – বেদগী পরমপরা বেদগী মখন পুম্নমক বেদগী জ্ঞান লৈবা পুম্নমক্কী ফনবা শিন্বিবা মহাক্নি। ***সুধাপতিঃ*** – অমৃত্তগী মপু ওইবনি।

মঘবান্ কৌশিকো গোমান্ বিরামঃ সর্ব্বসাধনঃ

ললাটাক্ষো বিশ্বদেহঃ সারঃ সংসাবচক্রভৃৎ ।।৫৪।।

মণিপুরী – অন্বয়- ***মঘবান কৌশিকঃ*** – ইন্দ্রগী মশক ওইবা, কৌশিক ঋষিগী মশক। ***গোমানঃ*** – তাইবং পান্বদা ষণগী মশক লৌবা মহাক্নি। ***বিরামঃ*** —মসিদা জীবশিংগী পোত্থাফর্মনি। ***সর্ব্বসাধনঃ*** – মাগী লৈজবা পুম্নমক মীওইবগী নিপা থোকপা থৌনাগী মতেং পাংবনি। ***ললাটাক্ষ্যঃ*** -- লাইবক্তা অহুমশুবা মিৎনা লৈতেংবনি। ***বিশ্বদেহঃ*** তাইবংনা মাগী হকচাং ওইবনি। ***সারঃ*** – প্রলয় তৌবা তৌবা মতমদসু মফম মাংদনা লেংদনা লৈবা। ***সংসার চক্রভৃৎঃ*** – ময়াম্না শিজিন্নরিবা লৌনম নমথাক পুম্নমক ঙাক শেন্দুনা লোইনবনি।

অমোঘদণ্ডো মধ্যস্থো হিরণ্যো ব্রহ্মবর্চ্চসী।

পরমার্থঃ পরো মায়ী শম্বরো ব্যাঘ্রলোচনঃ ।।৫৫।।

মণিপুরী – অন্বয়- ***অমোঘদণ্ডঃ*** – অমাং অতা লৈতবা দণ্ড পিবনি।

*মধ্যস্থঃ* — অচম্বগী লম্বীদা লোংদা লৈদুনা মুন্না ৱাযেন তৌবনি মিচংমিখাই নাইদবনি। *হিরন্যঃ* — মঙানগা লোইনবা সনানি। *ব্রহ্মবর্চসীঃ* — ব্রহ্মাগী মতিক মগুণ মথৌনা ফংলিবসে মঙোন্দগীনি। *পরমার্থঃ* — মহাক্না অবান খুভম ফংহল্লি, লান্ননবশিংগী লম্বী পুথোকই। *পরোমায়ীঃ* — অথোইবা মাযা লোইনবনি। *শম্বরঃ* পুন্নমক ঈশিংগী মশকনি। *ব্যাঘ্রলোচনঃ* — যেংবদা অকিবগী মশক ওইবা কৈগীমিৎ কুম্না ঈবং লংবা।

রুচির্বিবঞ্চিঃ স্বর্বন্ধুর্বাচস্পতিবহর্পতিঃ

রবির্বিরোচন স্কন্দঃ শাস্তা বৈবস্বতো যমঃ ।।৫৬।।

মণিপূবী — অন্বয়- *রুচিঃ* —পাম্বা, মঙানগী মশক। *বিবঞ্চিঃ* — বিধাতাপী মশক ওইবা। *স্বর্বন্ধুঃ* - স্বর্গ লোক্তা মরূ মপাং ওইনা মহৈ ফংহম্বা। *বাচস্পতিঃ* বাঙাং বাতা য়াম্না হৈবশিংবা মহৈ মশিংগী মপু। *অহর্পতিঃ* - মহাদেবগী মহান উবগা নুমিৎনা ইকাইজবা। *রবিঃ* — মতিক মগুণ মতিক মযাই মহাও লৌশিন্বা। *বিরোচনঃ* - জীব কান্নহন্ব মৈশাগী মশক ওইবা মহান পিবা নুমিৎ। *স্কন্দঃ* — পুন্নমক্কীদমক্তা অমৃতগী ঈচেন পিবনি অমসুং নুংশিৎকী মশক লৌদুনা অমুক চিংশিন্বনি। *শাস্তাবৈবস্বতোযমঃ* — লৈবাক্কী যাযেন থৌদা লাকশিন্নবগীদমক নুমিৎকী মচা যমবাজগা মান্নে।

যুক্তিরুন্নতকীর্ত্তিশ্চ সানুবাগঃ পবঞ্জযঃ

কৈলাসাধিপতিঃ কান্ত সবিতা ববিলোচনঃ ।।৫৭।।

মণিপুবী — অন্বয় *যুক্তিরুন্নতকীর্তিঃ* — অষ্টাঙ্গ য়োগনা তিন্বা নত্রগা যোগগী মবম্ শুনা মুন্না। বিচাবগী মশক ওইবা নিংথিবা ফজবা মিংচৎ লৈবনি। *সানুরাগঃ* -- মনাইশিংবু যাম্ন লুনা নুংশিনা লোইনবিবা। *পরঞ্জযঃ* -- যেংথিনবাশিংগী পাঙ্গল লৌথোকপিবা মখোযবু ঙম্বা। *কৈলাসাধিপতিঃ* — কৈলাস কৌবা চিংগী মপু। *কান্তঃ* — ফজবা ১দি চান্নবা। *সবিতাঃ* — তাইবং পান্বগী পোৎশি পুথোকপা। *রবিলোচনঃ*

— নুমিৎকীমিৎকা মান্ননা পান্বা মিৎ।

বিদ্বত্তমো বীতভয়ো বিশ্বভর্ত্তা২ নিবাবিতঃ

নিত্যো নিয়তকল্যাণঃ পুণ্যশ্রবণকীর্ত্তনঃ ।।৫৮।।

মণিপুরী — অন্বয়- ***বিদ্বতমঃ*** — থোইদোক হেন্দোকপা বুদ্ধি লৈবা। ***বীবভয়ঃ*** — তাইবংগী অকিঅরা য়াওদনা। ***বিশ্বভর্ত্তঃ*** — পুম্নমকপু য়োক থাকপা। ***অনিবারিতঃ*** — মানা মানা হোৎনজবগী মহৈ হোৎনজবগী মহৈ ফংবদা অথিংবা লৈতবা কল্মগী মহৈপিবা। ***নিত্যঃ*** — পোকপা অমদি মাংবা লৈতবা মতম পুম্নমক্তা অরেপ্পা ওইবা। ***নিয়ত কল্যানঃ*** মতম পুম্নমক্তা নুংঙাই য়াইফনবা লৈবা অপন অরাফ যাওদবা। ***পুন্যশ্রবনকীর্ত্তনঃ*** — অফবা মগুণ ওইবা মরমদা তাবা ফংজবা মতিক মগুণজবা।

দূরশ্রবা বিশ্বসহো ধ্যেয়ো দুঃস্বপ্ননাশনঃ

উত্তারণো দুষ্কৃতিহা বিজ্ঞেয়ো দুঃসহো৩ ভবঃ ।।৫৯।।

মণিপুরী — অন্বয়- ***দুরশ্রবাঃ*** — য়াম্না লাপ্পবা মপম ফাওবদা মাগী মতিক মগুণ অসি তাবা ফংই। ***বিশ্বসহঃ*** — তাইবংপান্বগী ভাযপুবদা কবিসু থওইদবা পুবা ঙখাংবা ঙস্বগী পাঙ্গল। ***ধ্যেয়ঃ*** — খন্বা নিংবদা মতিক চাবা ওইবা। ***দুঃ স্বপ্ননাশনঃ*** — ওইরক্কদবা মংহাগী মহৈ কান্নহন্দবা মাংহন্বা। ***উত্তারনঃ*** — তাইবংপান্দগী লাম্থোক্লবা। ***দুষ্কৃতিহাঃ*** — মবান লৈবশিংবু মাংহন্বা। ***মাংহন্বাঃ*** — অথোইবা জ্ঞান্না খংবদা মতিক চাবা। ***দুঃ সহঃ*** — হিংচাবনা চিংবা শিংনশু হিংচাবাশিংনা য়াম্না ৱানা হোৎনদুনশু চৈনা খাংবা ঙমদে। ***অভবঃ*** — পোকপা শিবা নাইদবা।

অনাদির্ভূর্ভুবোলক্ষীঃ কিরীটী ত্রিদশাধিপঃ

বিশ্বগোপ্তা বিশ্বকর্ত্তা সুপীরো রুচিরাঙ্গদঃ ।।৬০।।

মণিপুরী — অন্বয়- ***অনাদিঃ*** — পুম্নমক্কী মবম ওইবনা মঙোন্দগী হান্বা লৈতবা। ***ভুর্ভুলক্ষমীঃ*** — মবোল অহুমগী লক্ষ্মীগী নিংথিজবা অফবা গুণ

পুন্নমক মাগী মশাগী ওইবা শক্তিনি। ***কিরীটীঃ*** ফজবা মিংচৎ, লুহুপকা লেইনবনি। ***ত্রিদশাধিপঃ*** — দেবতাশিংগী মবুঙৌনি। ***বিশ্বগোপ্তাঃ*** তাইবং পান্বগী অঙাকপা মপুনি। ***বিশ্বকর্ত্তঃ*** — তাইবং পান্বগী লৈশেম্বা মপুনি। ***সুবীরঃ*** — মখন মখা কযাগী পাঙ্গল থৌনা লোইনবা। ***রুচিবাঙ্গদঃ*** — ানংথিজবা পাম্বোমগী পাঙ্গন্না পুন্নমক পুবা ঙম্বা শক্তি।

জননো জনজন্মাদিঃ প্রীতিমান্ নীতিমান্ ধবঃ

বসিষ্টঃ কশ্যপো ভানুর্ভীমো ভীমপবাক্রমঃ ॥৬১॥

মণিপুরী — অন্বয়- ***জননঃ*** — জীবশিং পুথোকপা কর্ত্তা। ***জনজন্মাদিঃ*** — পোকপগী অহানবা থৌবম কাবন ওইবা। ***প্রীতিমানাঃ*** — লেংদনা প্রেম্না তিন্না অতৎপা লৈতবা। ***নীতিমানঃ*** — অবেপ্পা নীতি নিযম্না তিন্বা। ***ধবঃ*** - মযামগী মপু। ***বসিষ্ঠঃ*** — অবোইবা প্রলয মতমদশু লেংদনা লৈবা। ***কশ্যপঃ*** — কশ্যপ কৌবা ঋষ্ঠিগী শাযোন ওইবা। ***ভানুঃ*** — মঙান চেম্বা মঙান লোইনবা। ***ভীমঃ*** ফত্তবশিংগীদমক অকিবগী মশক ওইবা। ***ভীমপবাক্রমঃ*** — বাক্ষসীশিংগী অৱাবা খুদোং থীবা মাযোক্লবগীদমক মতিক মগুণ মথৌনা পুথোক্নুনা লাফশিন্বা।

প্রণবঃ সৎপথাচাবো মহাকোশো মহাধনঃ

জন্মাধিপো মহাদেবঃ সকলাগমপাবগঃ ॥৬২॥

মণিপুরী -- অন্বয়- ***প্রনবঃ*** — ওঁ কাবগী মশক, অ, উ, ম, গী মশক। ***শৎপথাচারঃ*** — অফবা লম্বীদমক শিজিন্নবা। ***মহাকোশঃ*** — লনথুম চানবা থক্লবা চিঞ্জাক মবাই কাইনা লৈবা ব্লাত্ত পাদবা। ***মহাধনঃ*** — মতিক মগুম মথৌনা চাংদম নিঙাই লৈতবা। ***জনমাধিপঃ*** - পোক্লিবাশিং অসিগী মপু মাগী মপান্না পোকপা ওইবা। ***মহাদেবঃ*** — মওং মতৌ পুন্নমক থাদোক্লুনা তৌবা ঙম্বা শক্তি থৌনা আত্মা জ্ঞান ফংবা লৈবনা মহাদেবা কৌই। ***সকলাগম পারগঃ*** — বেদগী মনুং

মপান অহৌবা ময়াই, অরোইবা পুম্নমক মুন্না খংবা।

(তত্ত্বং তত্ব বিদেকাত্মা বিভুর্বিশ্ব বিভূষণঃ)।

ঋষি ব্রার্হ্মন ঐশ্বর্য্য জন্ম মৃত্যু জরাতিগঃ ।।৬৩।।

মণিপুরী — অম্বয়- *তত্ত্বমংঃ* — হিরম খুদিংমক লোইনবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা। *তত্ত্ববিৎঃ* — ব্রহ্ম মশক শেংনা খংবা। *একাত্মাঃ* — পুম্নমক অমত্তা ওইবা আত্মা। *বিভুঃ* — তৌবা ঙম্বা মফম পুম্নমক শিনথুংনা লৈবা। *বিশ্ববিবুষণঃ* — তাইবং পাম্বনা মাগী লৈতেং ওইবা। *ঋষিঃ* — খংবা ঙমদবা লাম্বা ফংদ্রবা মিৎ নানা তাবা উব ফংদ্রবা পুম্নমকপু উবা ঙম্বা। *ব্রাহ্মনঃ* -- বর্ন মরিগী মনুংদা অথোইবা ওইবা। *ঐশ্বর্য্য জন্ম মৃত্যু জরাতিগঃ* — পাকপা শিবনা চিংবা মওং তরুক্কী ঙমখৈ লাম্ব্রোকপা।

পঞ্চযজ্ঞসমুৎ পত্তির্বিশ্বেশো বিমলোদয়ঃ

আত্মযোনিরনাদ্যন্তো বৎসলো ভক্তলোকধৃক্ ।।৬৪।।

মণিপুরী — অম্বয়- *পঞ্চযজ্ঞসমুৎপতিঃ* — দেবতানাচিংবগীদমক যজ্ঞ মখল মঙাগী মওং মঙোন্দগী থোরকপনি — ব্রহ্মযজ্ঞ, পিতৃযজ্ঞ, দেবযজ্ঞ, ভূতযজ্ঞ, নৃযজ্ঞ। *বিশ্বেশঃ* — তাইবং পাম্বগী মপু। *বিমলোদায়ঃ* — মঙ্গোলগী মশক ফোংদোকপা অসি মঙোন্দগী পোক্লকপনি। *আত্মাযোনিঃ* — পুম্নমক ওইরকপাগী মশক মতৌ পুথোকপা লৈশোম্বগী মশক্লি। *অনাদ্যন্তঃ* — অরোইবা লৈতবা। *বৎসলঃ* — পুম্নমক্লা লুনা চান্ন তৌবা পুম্নমকী নুংশিনফম ওইবা। *ভক্তলোকধৃকঃ* — ভক্ত বৈষ্ণবশিংবু লুনা চান্না লোইর্নাববা।

গায়ত্রীবল্লভঃ প্রাংশুবিশ্বাবাসঃ প্রভাকরঃ

শিশুগিরিরতঃ সম্রাট সুষেণঃ সুরশত্রুহা ।।৬৫।।

মণিপুরী — অম্বয়- *গায়ত্রীবল্লভঃ* — গায়ত্রী শোম্বা যাম্ন পাম্বনি যাম্ন নুংঙাইজবনি। *প্রাংশুঃ* — সুষুম্নাগা লোইনবা মাগী হকচাংগী মঙান থোইদোক্ল া অথোইবনি। *বিশ্বাবাসঃ* — মফম খুদিংমক শিম্বা থুংনা লৈবনি। *প্রভাকরঃ*

— অহেম্বা মঙান পিবনি। *শিশুঃ* — মফম মতমগী শক্রোন্না অঙাং ওইবনি। *গিবিবতঃ* — কৈলাস কৌবা চিংবু লুনা তৌবিবা। *সম্রাটঃ* — পুম্নমক্কী মপু। *সুষেনঃ সুবশুক্রহাঃ* — মহাক্কী ফববা মতিক চাবা খোংলোই মখোইনা দেবতাশিংগী যেক্লবা মাংহল্লি।

অমোঘো২ বিষ্টনেমিশ্চ কুমুদো বিগতজ্বরঃ

স্বযংজ্যোতিস্তনুজ্যোতিবাত্মাজ্যোতিবচঞ্চলঃ ।।৬৬।।

মণিপুবী — অন্বয- *অমোঘোইবিষ্টনেমিঃ* — মাবু ভক্তিগা লোইনা স্তুতি তৌজবদগী কান্নবা মহৈ যাম্না ফংই। *কুমুদোঃ* পৃথ্বিগী অকুম্বা মাংহন্দুনা পৃথ্বিবু নুংঙাই যাইফবা হবাওবা পিবি। *বিগতজ্বরঃ* — পাপ পুম্নমক মঙোন দা চংদে পাপ্না তোঙান্না লৈ। *স্বযংজ্যোতিস্তনুজ্যোতিঃ* — মশা মতোমদগী মঙান্না পুম্নমকপু মঙান ফংহল্লি। *আত্মাজ্যোতিঃ* — মঙানগা লোইনবা আত্মাগী মশাক্তি। *অচঞ্চলঃ* — মতম পুম্নমক্তা লেংদনা লৈবনি। অবেপ্পনি।

পিঙ্গলঃ কপিলশ্মশ্রুর্ভালনেত্রস্ত্রযীতনুঃ

জ্ঞানস্কন্দো মহানীতির্বিশ্বোৎপত্তিরুপপ্লব ।।৬৭।।

মণিপুবী — অন্বয *পিঙ্গলঃ* — কৈ মউন শিজিন্নবনা পিঙ্গল মচু ওইবা। *কপিলশ্মশ্রুঃ* — পিঙ্গল মচুগী কোই হৌবা হক্চাং। *ভালনেত্রঃ* — লাইবক মযাযদা ফজববা অহুমশুবা মিৎনা লৈতেংবা। *ত্রয়ীতনুঃ* — বেদ অহুমগী মশক পুবা হক্চাং। *জ্ঞাননস্কন্দো মহানীতিঃ* — জ্ঞাননা হ্বাখল পিবিবনা মবম ওই দুনা মনাইশিংদা অবান খুভম ফংহম্বনি। *বিশ্বোৎপতিঃ* — মঙোন দগী তাইবং ওইবকপনি। *উপপ্লবঃ* — মাগী মতিক মঙান্দগী ফত্রবা লমচৎ চৎপা মখোই অৱাবা ওইবিবনি।

ভগো বিবস্বানাদিত্যো যোগপাবো দিবস্পতিঃ

কল্যাণগুণনামা চ পাপহা পুণ্যদর্শনঃ ।।৬৮।।

মণিপুবী — অন্বয *ভগোবিবস্বানাদিত্যঃ* — ভগ, বিবস্বান আদিত্য দেবতাগী

মশক ওইবনি। *য়োগপারঃ* — যোগ মখন খুদিংমক মপুং ফানবা শিম্বিবনি। *দিবস্পতিঃ* — ইন্দ্রগী মশক লৌবা শাযোন। *কল্যান্গুনানামাঃ* — মতিক মগুন যাম্না লৈবা মঙ্গলগী মশক ওইবা শিব শম্ভুনি। *পাপহাঃ* মনাই ভাক্তশিংগী পাপ মাংহন্বনি কোকপির্বনি। *পুন্যদর্শনঃ* — উবদা শেংলবা পুন্য চেল্লবা মশক্লি।

উদাবকীর্ত্তিকুদ্‌যোগী সদ্রীদ্যোযোগী সদসন্ময়ঃ

নক্ষত্রমালী নাকেশঃ স্বাধিষ্ঠানপদাশ্রযঃ ।।৬৯।।

মণিপুবী — অন্বয়- *উদারকীর্তিঃ* — মতিক মগুন মিংচৎ লৈবা পূজা তৌনিনিংঙাইনি। উদযোগী -- সৃষ্টি শেম্বদা যাম্না হৈশিংবা থবক পাংথোকপনি। *সদযোগীঃ* — লেংদবা মাংবা নাইদবা যোগনা তম্বনি। *সদসন্ময়ঃ* — অবেপ্পা তাইবংপান্বগী মশক ওইবনি। *নক্ষত্রমালীঃ* — নক্ষশিংনা মালাগী মতৌগুম্বা কোইশিল্লবা আকাসকী মশর্কনি। *নাকেশঃ* — স্বর্গগী দেবতাশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রগা মশর্কান। *স্বাধিষ্ঠানপদাশ্রয়ঃ* — মঙোন্দা লুপশিল্লগদবা তিল্লবগদবা কাংবুগী লৈফম ওইবা।

পবিত্রঃ পাপহাবী চ মণিপূবো নভোগতিঃ

হৃৎপুণ্ডবীকমাসীনঃ শক্রঃ শাস্তো বৃষাকপিঃ ।।৭০।।

মণিপুবী — অন্বয়- *পবিত্রঃ পাপহারীঃ* — থম্মোই লুববা মনাই বৈষ্ণশিংগী মপাপ কোকপিবা। *মনিপূরৌঃ* — মনি মুক্তানা মবম ওইদুনা মনাইশিংগী অপাম্বা ফংহন্বা। *নভোগতিঃ* -- নোংমদোন থক্ত কোইনা চৎপা। *হৃৎপুণ্ডরীকমাসীনাঃ* — যোগীশিংগী থম্মোযদা ঙাম্থোইবিবা। *শক্রঃ* — ইন্দ্রগী মশক। *শান্তঃ* — মতম পুম্নমক্তা চিংলেম্না লৈবা। *বৃষাকপিঃ* ধর্ম্ম ঙাক শেম্বা লেংদনা লৈবনা মবম ওইবা।

উষ্ণো গৃহপতিঃ কৃষ্ণঃ সমর্থো২নর্থনাশনঃ

অধর্ম্মশক্রবজ্ঞেযঃ পুরুহূতঃ পুরুশ্রুতঃ ।।৭১।।

